# নোংথাঙনা কেল্লকপদা

ফরিজ নোংজাইমযুম




লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিযেসন
পাউনা বজাব, ইম্ফাল

# নোংথাঙনা কেল্লকপদা


অফোঙবা ঃ লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিয়েসন
পাউনা বজাব, ইম্ফাল

অহানবা ফোঙবা ঃ নবেম্বর, ২০০৩ ইং

কোপি মশীং ঃ ৫০০

মখুম যেকপা ঃ যুমনাম গুনিন্দ্রো সিংহ
কোংপাল খেত্রি লৈকাই

অইবা ঃ ফরিজ নোংজাইময়ুম

লাইবিক ফংফম ঃ অফোংবা অয়িবা অমসুং ইম্ফালগী মক
ওইবা লাইবিক যোনফম দুকানশিং।

নম্ফম ঃ পর্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বজাব, ইম্ফাল

মমল ঃ লুপা ৬০

টাইপসেট ঃ শকংবম মনবমন সিংহ
অবিবম অনন্দ শর্ম্মা


**NONGTHANGANA KELLAKPADA**
***A collection of Poems in Manipuri***
**by FARIZ NONGZAIMAYUM**

পুন্সিগী অবোইবা মিকুপফাও
চোকথবা নাইদ’ চেঞ্জবম্বা
মণিপুবি সাহিত্যগী লাম্মী
কযামুদ্দিন পুত্রীমযুমগী মফমদা।

# ৱাহৌদোক

ফবিজ নোংজাইময়ুমগী অহানবা শৈবেং খবা পাবকপদা মতমগী পৃথিবীগী মাইকৈ অমদা চৎখি ঐহাক অঙাওবা মফম মরাং খঙদবা ৱাখল অমনা কন্না পুখি আশা লৈত্রবা মীওইবগী পুন্সি থেংনখি। হৌজিক্কী মতমগী চপ চাবা শৈবেং থেংনখি। পৃথিবীগী ওইবা সমস্যানি ঐখোয়গী পীক্রবা অৱাং-নোংপোক্তগী ওইবা শোকখবা লমদম খবতগী ওইবা ৱা নত্তে য়ুৱোপ আমেৰিকাগী আফ্রিকাগী লমদম পূম্নমক্কী ওইবা ৱাফমনি। চপ চানা ফোঙদোবকই ফবিজনা— "ওমদুনা চাক্রিবা থম্মোয়গী মৈচাক/খঙফম থোকপা নহাক্না খঙদবসিনি/অমুক হেন্না ঐনা চাকলিবা/থৌবী য়ান্দুনা শিবা ঙমদবগী ৱাতনি।" মীওইবগী মপোক অসিবু অসুক নুংঙাইতনা উবা ফবিজ মথন্তা নত্তে পৃথিবীগী মীশক কয়া কযানসু ফোঙদোকখ্রবনি। ফবিজনা অমুক্কা হেন্না চঙশিল্লকখি— " অদুবু হৌজিক্তি ঐ খঙলে/ পুন্সি হায়বা পোৎশক অসি / অৱা-নুংঙাই কপ্পা নোকপা/ মখল কযানা পুল্লগা শেম্বা/শিবদা লোই হায়দুনা/পুন্সি কৌবা ওইবমলে।" শৈবেং ১৪/১৫গী মতুংদা ফবিজগী মিৎয়েং হোংলকই পুন্সিদা ঈনৌ নৌনা অমুক য়েংলকই হিংবগী অর্থ উবকই। পুন্সিগী লীক্রম উবকই —"পেনবা তাই লৈজবিবা খবা 'সিনা/হিংবা তাই উপাই অমা থিদুনা/ হোৎনবা তাই পন্দুং য়ৌবা ঙম্নবা।" অনৌবা লম্বী উবকই—"থাজবা পূম্বা মাঙথ্রবদা/ খঙলে খাবৰা পুন্সিগী মহাউ / হৌজিক্তি ঐ লাই নীংলে/ পুন্সি শান্তি ফংনবা।" তঙাইফদ্রবা পুন্সিগী খোঙচৎনি।

পুন্সিগী খোঙচৎ মসিদা লোইববা নত্তে লেপ্তে ফবিজ। হেন্না হেন্না উবকই ফজবা উবকই নুংশিবা উবকই মরৈবাক মজাতি উবকই অঙকপা উবকই তুংগী মীবোল উবকই। পূতোপ তোপ্পা ইনৌ নৌবা ফবিজ অমসু অমুক থেংনবকই। অনৌবা আশা উবকই— "চোকথবা নাইদ্রবা থৌনাগী লীচিংনা পুবি/ঙমখৈ নাইদা নুংশিবগী আতিয়া মকোযদা/ আশাগী লংলবা থৱানমিচাক্কী মায়কৈ তন্নদুনা।"

ওক্টোবৰ ২৫, ২০০৩ ইং,

লাইশ্রম সমৱেন্দ্র সিংহ

# অফোঙবগী ৱাবোল

সাহিত্যগী ৱাখল চেনবা মণিপুরী পাঙল খরনা ইমালোন চাওখৎনবা অঙম্বা থৌদাং লৌনবা অমদি মণিপুরী সাহিত্যগী লাইবিকশিং পুথোক্লবা পান্দমগী মখাদা 'লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিয়েসন লিংখৎখিবনি। ঙসিদি এসোসিয়েসন অসি মণিপুরী মুসলিম (পাঙল) অইবশিংগী মাঙজিন থাবা সংস্থানশিংগী মনুংদা অমা ওইবে। এসোসিয়েসন অসিনা লাইবিক ১১ পুথোকখ্রে। হন্দক পুথোকচবিবা 'নোংথাঙনা কেল্লকপদা' হায়বসি এসোসিয়েসন অসিগী ১২ শুবা লাইবিকনি।

ফরিজ (ফরিজুদ্দিন অহমদ) নোংজাইময়ুম মহাক্কী পুন্সিগী অঙনবা মতমদগী হায়বদি ছাত্র ওইরিঙৈদগী সাহিত্যদা থরায় লূপচবা মী ওইবকই। চেফোঙশিংদা মহাক্কী শৈরেংশিং ফোঙবা হৌবকখি। মহাক্কী শৈরেংশিং সাহিত্যগী মচল ওইবা লাইবিক ওইনা পুথোক্লবা লৈখিদ্রবা কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমনা পায়খৎলম্মনি। অদুবু মহাক্কী পুন্সি চৈশীং শুবা হানখিবনা লোইশিনবা ঙম্লমদে। মহাক্না পায়খৎলম্মা থবক অসি এমঃ এমঃ অহমদ, সৈয়দ মুহম্মদিন অমদি অইবা মখোয় অহন্না হোৎনদুনা হৌজিক লাইবিক ওইনা পুথোক্রে অমসুং মণিপুরী সাহিত্য নাচোমগী লৈচল অমা ওইনা হাপচবে। মসিগীদমক এসোসিয়েসন অসিনা পেঞ্জবা ফোঙদোকচবি।

ফরিজ নোংজাইময়ুম নহা ওইরিবা অশৈবনি। মহাক্কী থনুংদা ঙংলিবা শৈরোন চেবাংথক্তা চোংথোবক্রে। মদুগী লূম্না নিল্লবা খোঞ্জেল তাবে। মসিনা পেন্দ্রি, মহাক্কী সুবদা অনৌ-অনৌবা শৈরোন তানিংলি।

*খোঞ্জেল নুংশিবা শৈশকপা! লেপ্লগনু, তানিংলি শক্রমখো*

*অনৌ অনৌবা ঈশৈ শক্রমখো। থম্মোয় ফুকপী ঈশৈ শক্রমখো।*

কৈশু মুসলিম
ওক্টোবর ২৪, ২০০৩ ইং

মুহম্মদ অব্দুর রহমান
প্রসিদেন্ট
লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিয়েসন, মণিপুর

# অইবগী ৱাবোল

কুইববনি মঙ মঙলকপা। ঙসি মঙফাউনবে। তাইবঙদা থোবক্রে। ঐগী "নোংথাঙনা কেল্লকপদা"। নুংঙাই, যাম্না নুংঙাই। মঙলান্না মঙফাওনবকপদা। নুংঙাইবা মবক্তা অমুক অকিবা ফাওবকই। ঐগী শৈবেংশিংনা অপাবশিংগী থম্মোয় চিংশিন্বা ঙমদবসু য়াই। নাকল অসোমদদি থোইনা খন্নু খনলুদে। অমুক ঐগী অপাম্বনা মাঙ থাখ্রে। ঐগী হায়ববু থম্মোযদা ফাওবকপা ঈহুল খবদি নীংতম্না ফোঙদোকপা ঙমলে। মসিগীদমক ঐ তশেংনা নুংঙাই। শৈবেংশিং অসিগী মগুণ অমদি থাক লেপ্পীগদবদি পাবিবিবশিংনি। ঐগী হায়ববু মণিপুর ইমাগী সাহিত্য লৈকোন্দা লৈবাং চাব অমদি থাজবা ঙমলে। মসিনি ঐনা য়াম্নমক নুংঙাইজবিবা।

নুংঙাইবা মবক্তা অৱাবা কযাসু হৌন্দুনা লাকই। মসিমদি পুল্সিদা থানবা য়াদবা অমা ওইবম্লে। ঐনা যাম্না পেঙ্গহৌদবা অমনা লাইবিক অসিগী মওং-মতৌ, ফজনবা শেম-শাবা অমদি অহানবগী প্রুফ অসি লৈখিদ্রবা ইযাম্বা কযামুদ্দিন পুখ্রীমযুমনা তৌবিবম্বনি। হৌজিক্তি যেৎৱী পাম্মোম তেকখ্রে। মহাক্কী লমজিং, পাউতাক অমদি নুংশিবদি লাইবিক অসিগা শাগোনখ্রবনি। মহাক্না হিংলৈঙে মতমদা ফোংবা ঙমহৌদবসিনি ঐনা য়াম্নমক নীং ঙমহৌদ্রিবা।

লাইবিক অসিদা পুন্না শৈবেং ১০৬ যাওবি। শৈবেং ৫ অমদি হান্নন পুথোখ্রবা লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিযেসনগী *"ঈপাক তন্নক্লিবা ঈচেল"* হাযনা মীংথোম্বা মণিপুরি মুসলিম অইবশিংগী খোমজিনবা শৈবেংগী লাইবিক্তা ফোংজখ্রে। অতোপ্পা শৈবেং ২৬ অমসু হুইযেন-লানপাউ, থৌদাং, যাকাইরোল, পোক্লফম, সঙাই এক্সপ্রেস অমসুং সনালৈবাকনচিংবা খববদা সাহিত্যগী কলমশিংদা ফোংজখ্রে। নৌহৌনা অমুক লাইবিক অসিদা হাপ্নবা খবা শেমদোক-শেমজিন তৌজবে। লাইবিক অসি নম্বগী থৌদাং পুন্নমক লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিযেসন, ইম্ফালনা লৌবিখি। মসিমক ঐঙোন্দদি যাম্না নুংঙাইজবা অমনি। এসোসিযেসনগী থৌ পুবিবা খুদিংমকপু তৌবিমল খঙবা উৎচবি, থাগৎচবি।

লাইবিক অসিগী মমিং অসি অহানবা এসোসিযেসন্দা থাগৎপা মতমদা 'উতোল অমসুং মৈচাক হাযনা মীংথোঞ্জখি। প্রেসতা চৎলমদাইদা এসোসিযেসন্না যাবিবদগী লাইবিক অসিগী মমিং অসি "নোংথাঙনা কেল্লকপদা" হায়না ওম্বোকচখি। লাইবিক অসিগী মমিং অসি

লৈখিদ্রবা ইয়াম্বা কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমনা চানা-চুনগদবা য়েংলগা থোনবিবম্বনি। লাইবিক অসি মশক থোক্লা পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা ইয়াম্বা অনি এম, এম অহম্মদ, সৈয়দ মুহম্মদিনগী মতেং পুন্সিসিদা কাউববোই। হিবম খুদিংদা ঐবু পুক্নিং থৌগৎপিবকখিবা মকপ-মপাং খুদিংমকপুসু তৌবিমল খঙবা উৎচবি।

লাইবিক অসিগী মবমদা বাহৌদোক মতেক অমদং ইবিনবা ইকাইখুম্নজবিবা ওঝা শ্রী লাইশ্রম সমবেন্দ্র সিংহগী মফমদা হায়জরুই। ওঝানা অরা-অনা কয়া তুংওইনবগা বাহৌদাক অসি ইবিবকপনি। মসিগীদমক ওঝাগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচবি। ঐগী লাইবিক অসিগী থরায় মরুপ যুম্নাম গুনিন্দ্রো সিংহনা হাপ্লিবনি। লাইবিক্কী মখুম মরুপনা য়েকপিবনি। মরুপপু থাগৎচবি। লাইবিক অসি পদ্মা প্রিন্টর্স , পাউনা বজার ইম্ফালদা নম্বনি। অরাবা খরা মায়োক্নখ্রবসু মতম চানা পুথোক্লবা হোৎনবিখিবগীদমক প্রেসকী মীওই খুদিংমকপু তৌবিমল খঙবা উৎচবি, থাগৎচবি।

অবোইবদা থমজনিংবা বাফমদি ইনিংবদগী ইবে। ফোংনিঙবদগীসু অমুক ফোংলে। লাইবিকক্কী থাক লেপ্পীবদি পাবিবিবশিংনি। খ্বাই পুন্নমক্কী মফমদা অমুক নোম্লুক্লা শিন্নজবি “নোংথাঙনা কোম্লকপদা”।

মিনুথোং, গোলাপটি
ওক্টোবর ২৪, ২০০৩ ইং

ফবিজ নোংজাইময়ুম

# য়াওরিবা শৈরেংশিং

# নোংথাঙনা কেল্লকপদা

অমসুং অতৈ শৈবেংশিং

# কাউবা ঙমদ্রিবা

পুন্সি বসন্তগী অয়ুক্তা
চীংদোলমুক ৱাংবা আশা কয়া
নম্বো পোদুনা কাখৎলি
চোকথবা নাইদ্রবা থম্মোয় পুবদুনা।।

ঙসিদি নুংথিল পোবোপসিদা
আশানা চবম মেৎলম্লে
কীন্থবক্রে অমমমতা ওইনা
আশাগী ৱাংলবা দলানসে।।

পুন্সিগী য়াচঙবা মতমসিদা
শন্নদবা ৱাখল কযানা
থম্মোযবু ইবাং হৌহল্লি
কাউঙমদে মিকুপ অমতং।।

# লেপ্পিংহদ্রিবা লমজেল

লমজেলসে ফনা শাংনা চেন্নক্লে
যৌবসু ঙমদ্রি পঙ্খুং হৌজিকফাও
লেপ্পিংদে, শদৌ থোংলফাও লমজেলদি
অদুনা চেল্লি, থবায়সিগীদমক হকচাংসি।।

# মমি শান্নবা আশা

মঙলিবা মঙনা মঙফাওনদ্রিঙে
আশাগী কুন্দো পবেং অসিনা
খঙহৌদনা খুইথবকপা অসিনি
পাখৎচবিবা ঐনা মিকুপ খুদিং।।

# ওমচাক্লবা

ওমদুনা চাক্রিবা থম্মোয়গী মৈচাক
খঙফম থোকপা নহাক্লা খঙদবসিনি
অমুক হেন্রা ঐনা চাক্রিবা
থৌবী য়াব্দুনা শিবা ঙমদবগী বাতনি ।।

# লমথুংফম য়ৌদ্রিবা লমজেল

মৎপিত্রবা মবমদমগীদমক থরায় য়োল্লি
মমা লৈবাক অমুক হঞ্জিন্নবা
নীংতম্বগী মহি-মচুম ফংখিদ্রবশিং
থাগত্তবা ঙমদে কখোকপগী থৌনাদুদি।।

# নুংশিংকী মৈশা

হৌজিক্তি লমদমসি খম থেংনা চাওখৎলে
নোংচুপলোমদগী হন্নকপা নুংশিংনা য়েবদা
তাদা, খুবা, মামা, ঙন্নমক কাউত্রে
মবমসিননি নুমিৎ চামাগী মৈশা খাঙলিবা।।

# কেনখ্রবা থবানমিচাক

লংলবা থবানমিচাক অদুনা
ময়েক শেংনা ঙাল্লম্বদৈ
খঙমম হেক মমশিনখি
মশক ফাওবা উদনা।

# নাম্থোকত্রিবা কিশি

নাম্থোকউ য়াদ্রে কিশি অদু
কোকপা ৱাবে শংঙ্ৱবা মচু
অহিং নুংথিল খল মান্নবে
পুবা ৱাবে নম্বিবা পোৎলুমসে
চৎনা-চৎনা মঙ মঙলি ঐহাক।।

# উপাই লৈতবা

কোকচাউবীদুম কাবকই
চোংলম চাদবা মতৌসি উবদা
নীতি-নিয়ম অমতা লৈতে
থোকউ-থোকউবা হায়বদুনি।।

মসি অশোয়বনি খঙই
কনানসু চুমথোকপা ঙমদে
মানা-মানা থোকপা
তৌনিংবতা তৌই, চৎনবীদুম ওইবকই।।

উব-উবগা খাঙবা ঙম্লক্তে
খাঙবা ঙমদে হায়দুনা কৈদৌকনি
ঐ অমনা লৈবাকসি
শেম্বা ঙম্বসু নত্তনা।।

# পামজবা লমদমসিদা

মিকুপ অমতসু পোখাবা ঙমদে
নীংথিবা পৃম্বনা লৈতেংলিবা
নঙগী লমদমসিদা।।

মিকুপ অমতসু নোকচবা ফংদে
ফজবা পৃম্বনা তিল্লিবা
নঙগী লমদমসিদা।।

মিকুপ খুদিং
অরাবগী স্বব হোল্লি
পামজবা লমদমসিদা লৈরম্বগী।।

# ব্রাহং অমা

থাশিদা ওইদুনা লৈববা
ইমা নঙগী লাইবক্তা
অমুকসু গ্রহনগী মৈচাক ফংলবা,
খোঙ-খূৎ তিংথোক্তুনা তেংথাবগা
কবি তৌনি ইমা হৌজিক -
অমুক হল্লকখিগদ্রা
অঙৌবা শগোল তোংলদুনা চৎখিবা
নদু নিংথৌশিং ।

# হৈনখ্রবা শাজং

অমম্বা থম্মোয়গী কাচিন্দা
মহুম শাবকই মথং মথং
ওইদবা কয়াগী মমি তারকই,
ঐনা তৌবনা মফবে খল্লকই
অচুম্বগী মঙাল য়ৌবা ঙম্লক্তে
হৈনত্রবা শাজংকী মরুমদা।।

# ৱাখলগী পন্থুং

ৱাখল।

নঙসি অঙকপা অমনি

পন্থুংসু লৈতবা নঙনা

ননিং তম্না অকিবা য়াওদনা

চেন-চোংদুনা শান্নে

অহাঙবা অতিয়া মকোইদা

অপাইবা লৈচিনগী মতৌগুম।।

# মীনা মী ওইদ্রবদা

মীনা, মীবু মশক খঙদবসিনি
ঐনা যাম্না হেক শাউনিংলিবা
মী, মী চপ মান্নে
মী, মীগা কবিসু খেন্নদে
মীনা, মীবু হম্থনা য়েংবা মিৎয়েং
ঐ যানিংদে খক যানিংদে।।

মী নঙনা সমাজ শেম্মী
মী নঙনা, মীগীদমকসু ব্বায
মী নঙনা, মীগীদমক অমুক খন্দে
মী নঙনা, অমুক কবিগীনো
মীগা-মীগা অমুক খেন্নবা থন্নিবা
অদুদি মী নঙ হায়যু
হৌজিক কবি তৌবা তাই?

মী নঙ থব্বায়সু পাল্লি
মী নঙ নুংশিবসু খঙই
মী নঙনা, মীবুসু ওৎলি
মী নঙ, মী খুদিংমকপু নুংশিবদি ঙমদে
মী নঙসে শাথীবা কৈনো মনি
মী নঙসে তশেংনা কিবক্রে
মী নঙনা, মী অমুক ওইবক্তবসিদা।।

# পুন্সি

হন্দক-মবক
ঐনা অসুম খল্লি
পুন্সিসে অঙকপা অমনি
খল্লু-খল্লবগা ঙকপগী চাং
অসুম অসুম হেল্লকই।।

খল্লি তবাবক থোক্লা খল্লি
পুন্সিগী মবমদা, হিংবগী মবমদা
খল্ল-খল্লগা মালেমসে
অসুম-অসুম পীকশিল্লকই।।

অদুবু, হৌজিক্তি ঐ খঙলে
পুন্সি হাযবা পোৎশক অসি
অবা-নুংঙাই, কপ্পা-নোকপা
মখল কয়ানা পুল্লগা শেম্বা
শিবদা লোই হায়দুনা
পুন্সি কৌবা ওইবম্রে।।

# মৃৎঙমদ্রিবা মৈচাক

নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখ্রবা
জীব ময়াম অমগী
থবায় মচা মচাশিং
হিংলি মপাগী নুংশিবা য়াওদনা।।

থবায মচা মচাগী পলেমশিং
মিৎলু পিবাং শীঙ্খবা লেপ্পুবি
মপা মশক খঙহৌবা কয়া
মপা মশক খঙহৌদবা কয়া
হংবা হৌবক্রে ঙসিদি পলেমশিংদা।।

অকি-অখং কোক্ত্রিবা
মমা ওইবা কয়া-কযানা
মচাশিংদা ৱাবী লি-লিদুনা
অবা-পোখাফম ওইবক্রে।।

মবম অদুনা ঙসি লমদমসিদা
শান্তিগী নুংশিৎ অমুক শিৎলবোই
অনম-অহা চুবা মচা মযাম অমা
মপা কয়াগী খোঙ্গুল লীবা হৌবক্রে।।

অদুনা লমদমসি লাঙখিদৌবি
ঈগী ঈচেল লেপখিবোইদৌবি
পিনা লিক্রা ওইনা তাখিদৌবি
আহ! ওহ্লোকপনি লমদমসে।।

# হকথেংনরুবদৈ

খঙহৌদনা থেংনখিবা মিকুপ্তুদা
লবাইগী শম চপ য়ুংখি-
কপ্লাক নীকপা হৌরকখি
থবাক্কী মিহুল দং-দং চোংখি
থাংজিল্লুববা খোঙথাং চপ লেপই
চঙবসু ঙমদা হন্দোকপসু য়াদা
মায়সে শাবগী চাং হেল্লকখি
কোইবাওনববি মিৎসনা অনীনা থাবদা
মিৎমাঙদা অনৌবা ঈচেল শেল্লকখি
য়েংখি য়েংখিবদা ঈপাক্কী ঈপাকমত্তা
অতিযা 'পূম্বা লৈচিলতনা কূপলম্লে
বাখলগী তেলঙ্গানা অহাঙবা অতিযাদা
মনীং তম্না পাইদুনা লৈহৌই।।

# পুন্সিগী লীক্লম

নিংশীংবা তাই, ঐগী হৌবকফম
কাউদবা তাই, ঐগী পাবি-পুবি
থাদোকপা তাই, কবাম চাউবা বাখল
খাঙবা তাই, অবা-অনা কয়া
চৎপা তাই, অচুম্বা লম্বী-খক্তদা
পেনবা তাই, লৈজবিবা খবা'সিনা
হিংবা তাই, উপাই অমা থিদুনা
হোৎনবা তাই, পম্লুং যৌবা ঙম্নবা।।

# অনৌবা লক্ষ্মী

থাজবা পূম্বা মাঙওব্রবদা
কবম্বা অনৌবা পুংলোন্দা
ঐনা জগোই শাখিদৌবি ?

খঙলে খাববা পুন্সিগী মহাউ
হৌজিক্তি ঐ লাই নীংলে
পুন্সি শান্তি ফংনবা !

## মায়থিরবা লানফম

ৱাখলসে লৈতাবা ঙমদে
থম্মোয়বু চিংদুনা পুই
অৱাংবা চীংদোল কয়াদা
শূরুবা লোকনুংশিংদা
অমুক সমুদ্রগী ঈবোলনুংদা
অমুক লুপই, অমুক কাখৎলি
নীংতম্না অমুক পাই
ঙমখৈ-নাইদা অতিয়াদা
মিকুপ অমতং পোখাদে।।

লোয়োক্তবা নঙগী মূর্ত্তিনা
মিৎমাঙদা হেক্তা লেপলৈ
ঐ হিংবসি য়াম্না ৱাবে
মসিবু কবম্বা ইবালগী দণ্ডিনো
ঐ তৌফম অমা খঙদ্রে
পুন্সি হিমায় চুম্বা ঙম্নক্তবে
হিংবগী মহাওসু অসুম ৱাৎলক্রি
মাযথিবে ঐ পুন্সিগী লানফমসিদা।

# নিংশীংলুবদা

পুন্সিগী সন্ধ্যা অসিদা
থম্মোয়গী ক্যাচিন অমদা
লেঙদনা লৈবল্লে নিংশীংবদি
লৈজবি থাদুনা কেবগা
ইমাঙদা চপ হেক লৈপ্লে
মহৌশাগী পামজবা মচু শেৎলদুনা
মিৎফম চোইদা ঐবু যেংলদুনা
হংলকই—পুন্সিসিবু কবম তৌবিবগে?

মৈশা লাংদুনতা লৈববা
মপোক অসিদা
অনৌবা নিংশীংবগী চৈনানা
থম্মোযবু খুদুম চল্লকই
ঈনোৎ কাবকই ঈপোম নাইনা
পুন্সিগী তাংকক কযাদা
হজিন-হজিন থেংলবি
কীহ্নদুনা লৈবিবা থম্মোয় লৈবাযসিদা।।

# উরী অমসুং উপাল

তাঞ্জা যেংলদুনা
উবিদুনা মতাং চানা য়েৎশিল্লি
হাইফেৎ লিববা উপালদুদা
উপালদুনা খঞ্জে -
ওহ্নোক্লা থেঙখ্রেদকো বসন্তসে।

# ঐ অমুক ৱাররোই

পুন্সিগী অঙনবা অয়ুক্তা
ঐগী থম্মোয় তোৰ্ব্বান্দা
কাবম্বা ঈথক ঈপোম
ঈবে নাইবা ঈচেল।।

নিংশীংলকই মথং-মথং
লাবোল লাথুপ চনত্রবা
ঈচেলগী ঈপোমদা তাউবিঙে
থৌদু নুংগী ৱাথোক-লাম্থোক।।

ঙসিদি থম্মোয তোৰ্ব্বানসে
ময়ি শেগাক চৎলে,
নঙগী অনৌবা নোংজুগী ঈনোৎনা
ঈমায পানা চেল্লকপদা।।

নঙগী ঙাওব' ঈচেলনা
থেংদু- ঙাথুবীবল্লবা থম্মোয লৈবায
মচেৎ-মচেৎ তানা কীন্থববদসু
নঙগী ঙাওববা ঈচেলসিনা
নোংমতসু থেংলমদবা যাওখিদে।।

ঐ অমুক ৱাকৎলবোই
হৈনবে চৈনা খাঙবসু
নীংখাযববা থম্মোয় তোৰ্ব্বানসে পানা
চেঞ্জবসনু নঙগী ঈচেলসে
মদুগীদমক ঐ অমুক ৱাববোই।।

# অঙাওবা

ঐবু ঙাওবে হায়
ঐগী হেক নূপীমক্কা।।

ঐনা অমুক হায়
ঐদি ঙাওবা কুইবে।।

ঐ ঙাওই হায়বা
মীযামসিনদি খঙদে।।

# মণ্ডগী খোঙচৎ

মণ্ডলানসিনা তাইবং ওইরম্লবা
কবিগী কায়নরুনি নণ্ড ঐ
মিংমাণ্ডদা লেপ্পুনতা লৈবিবা নণ্ডবু
কবিগী থিরুনি ঐনা অমম্বদা।।

মণ্ডলানগা তাইবংগা
তাইবংগা মণ্ডলানগা
ওয়্রোক-ওনশিন য়াবম্লবা
নণ্ডদি ঐগী ওইবা শোয়দ্রে।।

ৱাখল অসিনা
ঐবু চিংদুনা পুবি
নবক্কী মায়কৈ তম্লদুনা
তেনশিল্লক্লিবা লম্বীগী খোঙচৎতা।।

# মৈশা অমসুং মঙাল

থাইনঙৈ মথাই থাইনঙৈ
ঐগী থাদোইনা লৈশাবিঙৈ
শবি বাশক কযা অমনা
পাখং ঐগী থম্মোযদা
হৌহনখি ঈথক ঈপোম।।

আহ। হৌজিক্তি থাদোইবু কৌখিদ্রে
বাশক পন্দোলসু লোমখিদ্রে
লম্বী লমদাংসু পুনখিদ্রে
চন্দ্রনদিগী ঈচেলগুম ওইখ্রে
অরোনবা ইতিহাস ওইহৌবে।।

নক্লবিঙৈ মিকুপ কযা অমা
নোংমতসু খল্লুদে অসুম থোক্রনি
মতম কুইববগী মতুং অসিদসু
থাদোইগী ঈচেলনা মপুং ফাখিদ্রবসু
থম্মোয়দদি ঈফূৎ ওইনা লৈহৌবি।।

থাদোই নহাক খঙলম্বসু যাই
নঙগী মতম অমগী কৌবৌ
ঙসিসু মহৌশাগুম ঙাল্লি
মৈশা অমসুং মঙাল যাওদনা
য়াইফব্বী নঙগী খোঙচৎ য়েংদুনা।।

# তুংগী মীরোলগীদমক

হৌজিক লান অসি
চপ চানা হৌবে
মীশি-মীনা কয়া যাওবে
অশোক-অপন কয়া নংলে
তূমদুনা লৈথোকপা য়াদ্রে
খবা চাবগা পঙহিং হিংবা
হৌজিক মদুগী মতম লোইখ্রে।।

ঝাখল খনবা তাই
লানথোং শিনবা তাই
খা-ঝাং, মনীং-মমাঙ
থাব্রক্লিবা লাংখল খুদিংগী
লাংলোন লাংমিৎ খঙবা তাই।।

খোঙফম অমা শোয়খিবদা
অচৌবা অমাঙবা অমা ওইগদৌবি
মিকুপ-নাহুম খঙবা তাই
অনম-অহা চুবা য়াদে
হৌজিক য়াম্না চেকশিনগদবা মতমনি।।

লাংখল মশিং শুখবে
মায়কৈ খুদিং কোয়বিবা
থুবা য়াদে লাংসিদা
লাংমিৎ খঙনা লাংগাইসি
তুংগী মীরোলগীদমক য়েংদুনা।।

# চনপ্নি

নশক ইথি থিবদুনা
তৌথোবকপা থবক্কা পক্লিবা
অদুগা নঙনা,
মীমাঙসু হেক্তা থাবস্মী
ফমথোলসু হেক্তা কারস্মী।।

# লাইবা

ভোট মমাঙদা ঙাংবা বাঙাং-শাঙাং
থোৎলি নৌই মীবু তমহৎপা ঙম্মী
ওইদবা পরেং লেংদুনা বাশকপা পকচৈ
কান্সিঙে লৈবাক্কী থবায় য়োনবা তাই
তাদা, মাম্মা, খুবা থাদোকপা য়াদে
কাব'কান্দদি লৈবাক্কী খন্দুনা হিংদবা য়াদবনি।।

# মঙাল য়ৌদ্রিবা থম্মোয়

ঙঙ্গ্রানবা কোবৌগী মশেক মঙালদা
যাওবক্রনি থাজরুই পুন্সিগী অনৌবা মঙাল
মন্নবা থম্মোয়সু ঙাল্লনি নীংলুবা
যাওবমদ্রে লংলবা আশাগী মঙাল নত্তনা।।

# খারবা খোইহি

লাংবল খোইহিগুম খানা থুন্নবা
নুংশি ৱাহৈ কযা-কযানা
তাজিন ওইনা থিল্লবে থম্মোয়দা
নুংঙাইববা মঙলান কযাসু
খনথ্রে কাযনবগী লৈচিলনা।।

পুন্সিগী ঈপাক্তা কাবম্বা
সনা মচুগী ঈথক-ঈপোম
কোঙ্গোলনা ঈপাক্তা তাকপগুম
লুপখিবন্নে নঙগী নুংশিবদা
ঐগী হাযবা থমহৌদনা।।

কুইব-কুইবগা হেল্লক্লিবা মৈচাক
নম্বো পোদুনা চৎলিবা আশা
বসন্তগী হৈনৌ মপালগী মীনোক
ঙন্নমক অবেম্বা ওইহৌবে ইফমদা
বসন্ত কযানা কাউথোকপিববা উপালগুম।।

# নোংথাঙনা কেল্লকপদা

ঐহাক থাজরুদে
ইমা নঙগী লাইবক্তা
অসুন্না থোক্লনি হায়বা
ইথা-থাজদনা অপাইবা নুংশিৎকুম
করম্না য়ৌবকখিবা অখাক-অবাওগী নোংজু।।

হন্দক্কী তমখিব' অখাক অবাওরকসিদা
চহী কয়া লীদুনা লৈরকপা
কেল্লক্লে নোংথাঙ অচাকপা মৈবীগা লোইননা
থম্মোয় লিশিংনা হৌনরুবা নাইদনা
ইম্ফাল সহব নঙগী লবাই-লেমফুদা।।

হৌজিক্তি উপ্রাক্লা উপ্পুনা খাঙলেদো
মসি থোক্কনি খঙনা-খঙনা
তোংজৈ থাদুনা ঙমজবি চিংখিবা
লোইনা ওবেদো মীমাঙসিদা।।

হৌজিক্তি অনাবসি মমায খবা লৈবে
থেংনরুবদগী যাদুগব লিশিং-লিশিং,
চোইবোল পাবোল কয়া লোনখিদবে
চপ চানা ফবদৌবগুম তৌবে।
অদুবু কনানা খঙবনো
লাইওক্লেরুবনা অফবা খক ওইদবনা
পানখৎলকপা শিবমদাই মতমদা
লাইমন অমুক কাংলক্কদ্রা হায়বদা ঙাইবে।।

# মঙফাওনদ্রিবা

ঐখোয় তুমী
মঙ মঙলি
মপান্দা নোং চুবি
ইচাউ অমা মায়োক্লগদৌবি
কাংথোলনা তাউদ্রিমখৈদি
ঐখোয মীকপ থোকখিবোইদৌবি।

# হংলক্লিবা ৱাহং

ঐনা নুংশি
ঐগী ইপা
ঐগী ইমা
ঐগী ইচাশিং
ঐগী ইচা নুপাশিং
ঐগী ইচা নুপীশিং।।
মখোয়বু চপ মান্ননা নুংশিবদি ঙমদে
মবমদি মদু ঐগী থম্মোযদা য়াউদে।।

ঐগী নুপী
ঐগী লোইনবীনা
ঐবু নুংশিববা
মদুসু ঐ হায়বা ঙমদে
মবমদি মদু
ঐগী মিৎনা উবা ঙম্বা পোৎশক নত্তে
নুংশিবম্বদি য়াই নীংই
কুইনা লম্বী পূগ্গক্রবন্নিনা।।

ৱাফম অসিমক
খল্লম্বা য়াই ঐগী নুপীনা
অদুবু,
নোংমতসু হংদে ৱাহংসিদি।

# মীচম

য়ু খবা থকচিল্লগা ফবক তাকবগী
মফম মবাং খঙদনা লাউকবগী
জুবাব ঙাইহাক শান্নকবগী
মতম ঙাইহাক লেল্লুবগী
নুপী অঙাংদা ফবক তাকবগী
নুপী ওইবীগী ঈজ্জৎ মাঙহনলুবগী
নুপা লৈবা নুপী চেল্লুবগী
নুপী লৈবা নুপাদা চেনশিল্লুবগী
লমদমসিগী পাথৌ শারুবগী
মখোয়গী মিংদা শেল তাল্লুবগী
মীগী মপোৎ-মবন মৎলুবগী
লাঞ্জবে হাযনা শেংদোকপগী
লোইবা নাইদবা লমমসিদা
ঐতদি শরুক থুংহনবীনু
ঐদি হয়িং ফাওবা হাৎচদবা মীচমনি।

# পিরাংগী ঈচেলদা থূল্লবা থম্মোয়

মেঙলবা থাবলগী ঈপোমদা ৱাখলনা ইবোইবিঙে
হঙ্গৌ হায়বা য়াদ্রিবা অঙাওবা থম্মোয়গী ইনোৎনা
খূৎ শমদুনা পুই আশাগী ৱাংলবা দলান্দা
খঙ্হবা ঙমদ্রিবা পাখৎচাউবা থম্মোয়না তুংইন্নে
লেপ্তুনা হল্লক্লিবা ঙাইঙমদবগী নুংশিৎনা য়ৈবদা
চিংনবগী লৈচিলনা অসুম-অসুম কুপশিল্লকই
থাশিগী অহিংগুম মমশিল্লকই পুম্নিগী লম্বী
অমুবা নোং ওল্লকই নুংশি হৈত্রবা লৈচিলদুনা
অখাক-অবাওগা লোইননা হৈথরকই মিৎলু পিবাংনা
ইঙাগী লেপনাইদ্রবা নোংজুগুম ঙাইহকফাও হাংদনা
ঈচেল নাইনা চেল্লক্লে থম্মোয় তোর্বান পাবদুনা
চাংজৌ পাববা ঈচেলনা অনেম্বা থম্মোয়দা থূল্লবে।।

# হোংদ্রিবা শাজং

চাউরবা য়ুমজাউ 'সিবু শঙলিবনি হায়দুনা
মথৌ তৌবগী মহৎ কুন্দুনা লৈথোকই
অনৌবা থুংলবদা ঙাইরিবা হুইজাউসিনা
লমদমসিগী মবেক মহাউদা ঙাওবদুনা।।

লমদমসিগী হৈশিংলবা হুবানবা মপীমচাশিং
মনিং তম্লকই চিক্তবা হইনি খঙলদুনা
মমাঙ থোঙ লোল্লগা মনিংথোঙ লাওনা হাংই।

# তিলাইখোম্বী

মঙ্গমদগী ওল্লকপদা ঙাইবিবা তিলাইখোম্বী মচাশিং
লেং-লেং চৎতুনা শাগ্নে কাচিন কোয়া থুংনা

মচাগী কুম্মে য়েংবা নুংঙাইত্রদুনা তিলাইখোম্বী মপীশিং
মবি-মবি থোক্লবকই নোমহৌ নোমহৌ চৎলদুনা

লমদমসিগী ইকাইবা খঙবা জীবশিং হাকৎচবা ফাওই
তিলাইখোম্বী মপীশিংনা লেং-লেং চৎলকপসিদা।।

# পেলহৌদবা

অমুনবা উহৈগুম মশানা কেঞ্জরগদবদা
নঙনা নকম্থি তোংলিবনি হায়দুনা
ফম্বদা ঙাইবিবা সনাগী তাংবলদা
ঙাইবা ঙমদনা খোঙপাক্লা কাউরক্লঙৈ
হান্নগী উচিদা অমুক হঞ্জিল্লেদো।।

সনাগী তাংবলসু লাম্না লংথোক্লল্লে
লমদমসিগী মীনা খুনবা ফংদনবা
মসি থোক্কনি হায়বা খঙনা-খঙনা
নযুমসু অমুক মৈ থাদোকচৈ
হৌজিক নঙসু অমুক ভিক্ষা নিবা চৎতৌবি।।

লম্বীসু শাংনা পূনখিদৌবি
নবালগী বা মবালগী বা কাউথোক্লৌ
হৌজিককোনশিন্নদুনা কপমিন্নবগসু কান্নবোই
হৌম্রে ঙন্নমক সনা থোকপা মতমশিংদো।।

# মতম ঙাইবা

মশানা মবোমদোম হৌজরম্বা চাউরবা উপালসিবু
লৈখোঙ শোম্বা অনৌবা মালী অমুক হাপচিন্দুনা
খুশি তৌদুনা মওং-মরিল তাদনা শেমদোক-শাদোক্লে
মশা মবেং পুন্নমক ককথতুনা মউ খক্তা ঙাইবে

বসন্তদা য়েন্নিং হুনখিনি ঙাইবদা উপালদি কংদৌবে
খঙদবা অমতা য়াওদে উদবা কনাসু লৈতে
পুন্নমক্লা খঙনববা বাফমনি উপাই কবিসু লৈতে
নোংম-নোংমগী ফিভম কাইবক্লবা উপালনা খল্লি
কৈদৌঙেনো মব্দ ফৃক্তৌরিবা পাখৎনা খাঙজে।

# লিলাগী নিংথৌ

শাবোং লানপোং শেমদুনা লান তৌই
লদমদম অসিগী থৌবুবেলগী মথক্তা
লমদমসিগী চন্না হিংজবা প্রজাশিংনা
হিংবদা অৱাবা অসুম ওইবকপদগী
শূ-নোম্না শেংথুং চাথুংলক্তবদগী
মাযকৈ খুদিং পেন্নদবগী খোল্লাওদা ভাইবে
ফনা লাউজে তাবিদে মখোয়গী ৱাকৎ
শামু মথুন্দা পেনা লেনবগুম থোক্রে
কয়াদা থম্মোয় কনখ্রবা লিলাগী নিংথৌনো।

# তম্নলাই

লমদমসিদা শান্তিগী নুংশিৎ শীৎলনি খল্লুই
লমদমসিগী মীওই কাংলুপ খুদিং
অনৌবা জীব পানবা অমা খোঙদাবকপদা
হরাউ তবাম্না ওকনৈ, থম্মোয় মকা লামনৈ
মশক মচু খংদ্রিঙৈ থাজবা হেক থমলুই
হৌজিক্তি তম্নলাই ওন্দুনা চবম মেৎলবে।।

# লানগী মনা

খুৎ শম্লদুনা লান তৌই
লমদমসিগী থৌবুবেলগী মথক্তা
লানফম ময়ায যৌব'কান্দা
হন্দুনা অমূক চেনখি
হায়বা ইনবগী মনা লৌবগা।

# লবায়দা খূৎ হাপ্পা

অইংবা অমসুং অশাবা মহাউ তংগ্রিবা থবায়দুনা
মনা পুংলবা অচৌবা উপালগী মরুম থুপই
খুশি-রাশি তৌনিংবদা তৌই খয়রুবা তৌদনা
লবায়দা খূৎ হাপ্পি মশানা হোটেল ফমজরবদা।।

# খোইচাৰ্ক ওইরুবগী

খোইচাক থা-থাদুনা ঐবু চিংদুনা পুই
মতুং ইন্নে ঐনা নাহোকপা ঙমদবগী
ঐ হিংবা য়াই নৎত্রগা শিবসু য়াই
অনীগী মনুংদা অমা শোয়দ্রে খল্লিঙৈ
থৌববা ঙাবেংচৈনা নাখোঙ ফাওনা থিল্লকই
পি ওবো-ওবো তাবমখৈ খাংলিঙৈ
মৈ ঈরুবা থাওদা অমুক থাদে
হিংলম্বগী মোংফম অমা শেন্নবা।।

# মমল য়াওদবা থবায়শিং

টেবোরিজম
টেরোবিজম
অকিবা ফংলবা টেবোরিজম
মরু ফংনা মুথৎকদবনি।

অদুগা
মী, মীনা হিংবা পাম্মী
তরাই-তবাই কনাসু শিনিংদে
মসিদি চুম্মী ঐসু শিনিংদে
হিংবা পাম্মী অশিববু নাথৈবগা।

অদুগা
কবিগী
মখোয় খবনা
অশিববু শান্নপোৎকুম শান্নবিবা
মসিনি ঐনা ওক্রিবা
অশিবা মী অমতা
অমুক হান্নক্তে মালেমদা
মখোয়শিংদুবু মসি খঙদবা জাৎলা?

ও।
ঐ খঙলে
টেবোবিজম নহাকসি
অচাকপা থম্মোয়গী মৈরীনা শেম্বনি
অদুনা ওইবা তাই
থবায়বু মমল য়াওদনা য়োনবা ওন্নিবা।

# মমা অমগী মঙ

মফি নিংথীজনা থোংত্রবা
অঙাং মচা অদুদা
মশম পায়দুনা খংচিং চিংঈ
অঙাংগী মমা অদুনা।।

চৈনাখোল খাঙদুনা কপই
মপি ওবো-ওবো তাবমখৈ
মখুৎ মচাদু তিংদুনা
পৈশা নিবা হৌবকই
লম্বী চৎপশিংদা।।

মখুৎ থিন্দুনা তাকই
মরোল-মবি খঙদনা
লম্বীগী চিদাইদা ফম্লীবী
মমাগী মায়কৈ তম্নদুনা।।

নৌবিবা অঙাংদুনা
কোয়চেন চেন্দুনা
অচৎ-অওকশিংদগী
ফিজি-ফিনা চিংঈ
মখুৎ-ও মশা-ও তৌদুনা।।

পোকচবী মমানা খল্লি
শেম্বু শেম্বিববদি
হৈবেদনা সিদি
মসিদবু মী ওইদবা হৌনরিব্রা ?

# মঙফোল

অমনা অমুক থাঙ্গৎলি
অমানা অমুক থাদে
চিনগী লান শোক্লে
অঙাং-অঙাংবা চুমনৈ
চুমদবা অমা ফাওবা য়াওদে
মশা-মশানা থাগৎচৈ
কাচিন কোয়া য়ৌনা।।

ঙাংবা হৈবনা মাঙজিল থাই
লমজেল লমথাদ্রিঙৈ চেনবা হৌই
মশা পূম্বা পাপ চেন্দবদৌনা তৌই
য়েংবদা তরু-তরুনা উই
পাপ চেন্ত্রিবা অঙাংগুম উহনবা ঙম্মী
মসিদবু কনানা পঙথবোইদৌবিনো?

ঝা চুন্না-চুন্না ঙাংই
অশোয়বা অমতা হেক য়াওদে
লৈবাকসিবু লমদমসিবু
নুংশিজবগী মমি তাই
মসিদবু কনানা নুংশিদবা ঙমগনি
মসিদবু কনানা থাজবা থম্নোইদৌবি।।

হৌখিবা কয়াগীদমক নীন্দা তৌদুনা
ঐখোযনা তেংথাদুনা লৈবা য়াদ্রে
অনৌবা অওনবা অমগী শেম শাবা তাবনি।।
ঐখোয়না ঐখোয়গী লম্বী শেমগদবনি

কয়াদা চুমত্রবা ৱাকল্লো, খন্না নৈনগদবনি
হৌজিকপু তুমদুনা লৈবা য়াবা মতমদা?

নৈকাই খুদিং, কম্ফম খুদিং
মরু ওইবা ৱাকম ওইরক্রি
লাং থাকপা হৈবশিংতগী লাংদা
করম্না থুরেইদৌরি, থুবদি শোয়দ্রে
লমদমসিবু থুগায়রসি হায়বসু নত্তনা
মসিদবু করম্না মখোয়গী ময়োক্তা লেপকনি।।

অয়ানবা ৱাকম অমত্তসু য়াওদ্রে
তাবা নুংঙাইতবা ৱাহে অমত্তসু তাদ্রি
মীয়ামবু লান্না লমজিংবসু লৈতে
মীকম খুদিং খোংথাং খুদিং
খন্নবিয়ু নৈনবীয়ু হায়বগী য়াতনি
মসিদবু করম্না য়েক্নবগুম খদৌরি।।

হে মতমগী যাদু পূবশিং
নখোয়বু গৌরমিঠাইগুম তুমহল্লিংলবনি
মাইবা শাবা মচা-মচাশিংদুনা
নখোয়গী যাদু মায়োকনবা ঙমদবদে
ওমচাক্লুনা খাঙলক্লিবা কুইরক্লবনি।।

# পামদবা পন্থুং

অরিবা চহী
নঙ লোইখিবসি
ঐদি য়াম্না পেলহৌদে।

অনৌবা চহী
নঙ লাকপগীসু
ঐদি থোইনা হবাউদে।

মবমদি
নবান্নিগী লংদাইদা
ঐগী পুন্সিনা হাইদুনা লৈরি
অকিবগী চৈথেংসু নবান্নিনা পিবি
অসুম-অসুম নকশিন্নক্রি
নাম্থোক্তুনা চেনবা য়াদবা
ঐনা পামদবা পন্থুং অমদা।

# লাইওইরবা খোংনাং পাম্বী

ইবুধৌ কযাগী হাক্তক্তগী
লৈবক্রবা লাইওইববা খোংনাং পাম্বী
লমলানবদা লাইবক কৎনবম্মী
শেল অচোইবা থাদদুনা
যাইফ-মঙ্গোল নিনবম্মী
হৌজিক্তি,
মাগী মরুম থূপতুনা
ঈশিং খাইজিনফম ওইহৌবে।।

# শেম্বীরকপগী লমন

নঙগী নতম্বাক্তা চাউবকপা ঐবু
নঙনা অমুক হাৎনবা হোৎনবি।
নঙবু নশক মূন্না খঙলদুনা
নঙগী মায়োক্তা লেপ্লি ঐনা।।

# উতোল অমসুং মৈচাক

তস।
সিনিদনা
কল্লক হেক পেল্লি
হৌজিক্তি উতোল লোপ্লেদো
করি তৌজবা ঙম্বী।
অদুবু
উতোলদা সূম লৈবা য়াদবনা
কূমথবা তাবে
ইস। মসিমদি
মৈচাক অমনি
মৈচাক্তা মৈচাক হায়বদুনি।

# চিংনরকপা

থৌনা লিংজেল লৈ হাযদুনা
লম্বীসু লৈতবা অমমম্বা মবকসিদা
কযা শাংনা চৎপা ঙমখিদৌবি
মঙাল নঙগী মাযকৈ তম্লদুনা।।

# য়ুংদ্রিবা ফিরাল

আশাগী কৈবাক্তা কাখৎলি চুন্না
মণ্ডালগী ফিবাল পাইবদুনা খুৎতা
নঙগী অশেংবা নচানি উৎনবা
লৈবমদ্রে যুংফম অহাঙবা অতিয়াসিদা।

# কিরকপা

অশাংপা লৈবাংদুনা
লৈনা চোইনা কেন্নবা উবগা
অপোম্বা লৈবাংদুনা
মমিৎ উইশিল্লগা খাঙজৈ।।

# শগুন তৌবা

কবি অমুক বাকৎলুখিনি
অবাৎপতনা লাংগোই চল্লবদা
লৈবাক নিংথৌনা তুপ্পবদা
লুচিংবা মখৈনা তুমখ্রবদা
ঙাংবদা থবায় য়োনবা ঙম্বশিং
খাউ হুম্বা খক্তা হৈবা
খূৎ তিংথোকপা ঙমদবশিং
লমদমসিগী কবি তৌব্রে
অচেংবা তাঞ্জা যেংলগা
শগুন তৌবম্বা নৎতনা।

# ইপাউসিমদং

ইখৌ লাংল থম্মোয়সিনা
নপাউ অমদং ঙাইবদা
খোইবাং খোইশাউনখিবা
পূক্লিং লাংতক্কা লেনখিবা
উনবি থম্মোয় ফাথজ
কুমওন কযা কুমওন্নখিবা
কুমজা মশীং যান্নক্নে।।

থাদোই নঙগী নশুংলাং
ইকাই পম্বাল লানখবে
নৈকাই পাউথাং যৈবসু
শবি ৰাশক লোম্নগে
খোঙফম অমা হল্লবোই
মৈচাক মৈশা মৈৰাইনা
নোংমদোল লিক্লা ঙাইবগে।।

পঙ্খৌ শঙ্গাই যাইওইবা
মাঞ্জ কাদনা ৰাৎপবা
উনবী পূক্লিং হোংগনু
ৰাখল লমফাং চৎকনু
নৈতোল অনী লোংগনু
ৰাশক পবৈ ঙাকউকো
থাদোই নঙবু নুংশিবী।।

# অহিংবা মুর্ত্তি

ঐহাক তৌফম অমা খণ্ডদবে
খোঙ-খুৎ পুনশিনবদা নত্তনা
চিন অমুক মেনশিল্লগা
খোন থোক্লা লাউ হায়বসিবু
ওইথোকপা য়াবা বাফমলা
মুর্ত্তিগুম লেপ্লিবা ঐঙোন্দা।।

# ঙমখৈদি কায়খিরোই

ইমা
ঐনা কয়াদা চাউথোকচরম্বা
নঙগী নচা ওইনা পোক্লুবগী।

ইমা
ঙসিনা  কয়াদা কপ্নিংলিবা
নঙগী নচা ওইনা হিংলুবগী।

ইমা হৌজিক্তি
মৈনা শাবা হকচাং ওইনিংলে
নঙগী অশেংবা নচানি উৎনবা

ইমা পুংফমসিদা
নচাগী শিংলিদা ঈ চেল্লি মখৈদি
ইমা নঙগী ঙমখৈদি কায়খিবোই।।

## মোনখাংনরিবা অশিবা

শর্মিলা নহাক খাঙবা কনবিনি
অশেংবা মৈতৈ চনুগী ঈ চেনবীনি
অদুবু নঙদি খোঙফম অমা হন্দবি
হিংবা অমসুং শিবা অনীগী লানফমদা।।

অদুবু শর্মিলা ঐ খঙই
নহাক্কী পান্দম ফংলবোই হায়বা
লমদমসিদা মী হায়বদু লৈতে
হৌজিক্তি অঙম-অঙম নেথৎনবনি।।

মিৎ পান্নগা উবা ঙমদবা
না পন্না-পান্না তাবা ঙমদবা
মী মানবা জীবশিংনা খুন্দাবা
সনা লৈবাকনি হায়নবিবা লমদমসিদা
নঙগী থম্মোয়গী চন্নবা ৱাকৎপুদি
চৌক্রি শেন্নবনা হেননা লুন্না লৌই।।

লমদমসিগী থৌবুবোইশিং লোয়না খঙই
নহাক্কী লনাই নুংঙাইনবা নত্তে
লমদমসিগী মীবোনগীদমক্কি হাযবা
অদুবু নহাক্কুম ৱাশক পবৈ চেৎতবনা
মনিং হন্দুনা লোয়না চেনথ্রবসু
নঙদি অশিববু মোনখাংনদুনা লৈবি।।

# ইমা মণিপুরদা

হে। ইমা মণিপুব
নহাকপু তূমদুনা অসুম লৈবত্রা
নৎত্রগা তূমদবা হৌদোকপা লুই হায়বদুবা
তাদ্রিববা, উদ্রিববা, খংদ্রিববা
ঙসি ঈ মশেলগী মবক্তা
থাজনদবগী নুংশা শ্বব হোল্লিবসি
মৈবিকপীদগী মৈজ্ঞাওবী হৌদ্রিঙৈ
ইমা নঙগী শান্তিগী খূৎশাশিংদুনা
অমুক্তদি তপথহনখো নচাশিংবু কৈদৌবগে।

অদুবু হে। ইমা নচাশিংগী মবক্তা
অসুক কন্না থাগ্রিবা শিংচেপসিনা
মপাঙ্গল হেন্না কনখিবা তাববদি
তম্বা ঙমদবা থৌদোক বাথোক্লা
ইমা নঙগী চীং, পাৎ, তুবেল ঙস্নমক
মথক-মখা ওনখিবা শোয়দ্রে
হৌজিক তপথদুনা লৈবগী মতম নৎত্রে
ইমা নঙগী শান্তিগী মিৎয়েং অদুনা
অমুক্তংদি ইংথহনবীয়ু নচাশিংবু কৈদৌবগে।

# লাইশঙ অমসুং পুরোহিৎ

ইম্ফাল সহৰগী
হেক ময়াই চবুক মক্তদা
অতূম্বা মৈগী চীং অমা
খঙহৌদ' হেক পোকখায়বক্তুনা
দিমোক্রেসিগী শেংলবা লাইশঙ
খঙহৌদা মিকুপ্তা উৎ ওনখ্রে
যেংহৈদবা মতৌনি, উহৈদবা মওংনি
ওষ্ণোকপা ইতিহাস ওইহৌবনি
লমদমসিগী অনৌবা পুবাবীদা।।

কবম্বা নোংদমখোন্না লাইবক্তা তমখিবা
শেংলবা লাইশঙসিগী পুবোহিৎ
ওষ্ণোকপা মওং ওইখ্রে ভক্তশিংগী মমাঙদা
ফি থোংদবা ৱাহৈ, অকাম্বা ৱাঙাং
হিদাক ঙাওবনা চৎপা ঙমদবগুম
ৱা-ৱাং, মনীং-মমাঙ চিংদুনা
যাওশঙ যৌদ্রিঙৈ থাবলগী বিহাবসেল
মৈবী মবক্তা মৈবানবীগী মীনোক
ওষ্ণোকপা লাইবক্তি পুবোহিৎকী।।

লাইগী শক্তি লোইনবিঙৈ মীকুপশিং
লাইফাও খুদিংমক চুমখিবা ঙাক্তনি
তোংদৌবা লাইনা তোংউ যাদ্রবদা
মাঙবা ঙম্বগী শক্তিসু পায়হৌদ,
ভক্ত লিশীং লিশীংবু থামাইবসু ঙমহৌদ,
লাইবক থীববা মীকুপ অদুনা

স্নুম থোকউ হায়না তমখিবনা
লৈয়েংসু ফাজিনখি বা ঙাংবা থোকখিদে
কলাক নীকপা নত্তনা উপাই অমা লৈখিদে।

পক্লদবা নুমিৎতা করিগী লাই সেবা চঙলুবা
মতম নৎতা করিগী কয়ম্বা লাইফাউ ঙাইরুবা
ভুৎ শান্নবদা মিং লৈরবা ঐনা
কনাগী মায়োক-বা অমুক ওক্লকরিবা
উশিন ফাওবা ঙমহৌদবা মিৎকুপসিমনা
পুবিগ্রে লৈজবম্বা শম্মান পুন্নমক
অদুবু হৌজিক মীমাঙ থোকপা হৌগ্রবনিনা
অমুক্তা শিজিন্নখিদ্রিবা লাইবোন শিজিন্নদুনা
পঙথহনবা ঙমদ্রা য়েংবা তাবে ভক্তশিংসে।।

# মৈ পিবা হনুবা

চীংনা কোইনা পনশাবা লমদমসি
ঙসিদি চাউব' ঈফূৎ অমা লাক্রে
ঈফূৎ মেন্নবা হোৎনবা কাংবু অমা
পন য়ানখায়নবা লুম্বা কাংবু অমা
কাংবু-কাংবু নাকপাক-নাকপাক লেপ্পদুনা
অচেঙবা তাঙ্গা ঙাইনদুনা লৈবিঙে
সিদ্ধি ব্রাহ্মণ হনুবদুনা চেপথদুনা য়েংলি
মৈ চাক্রদবোই নীংলগা চাক্কেনে'সিদি
মৈ হৌনবদবোই নীংলগা হৌদেনা'সিদি ।।

# মৃক্লরুবগী ফল

পীকল্লবা থল্লায় মচাদুনা
অচাকপা মৈদুবু তাপ পায়
হৌজিক কবি থোক্লবগে
থৌবী য়ান্দুনা শিনিংলিনিদো।

# খোই চোপ্পা

মথৌদা পুক্লিং চঙদবা খবা
লৈবাক মপুনা চৈবাক পী
লৈবাক মাঙবা তাবে খন্দুনা।।

অচুম্বা বা ঙাক্তা ঙাংই
অচুম্বা বা ঙাংল-ঙাংলগা
অচুম্বা থবক তৌব-তৌবগা
মরুং থাবা অসুম হেল্লকই
মরুং থাবা অসুম-অসুম হেল্লকই।।

## শীংনবা অমা

নুংশি হৈত্রবা খুৎ অদুনা
শাৎচবা ফাওবা ঙমজদ্রিবা
অপোম্বা লৈ অদুবু
লৈখোক্তা পৎ হেক থদথপি।

লৈখোকসু ঈবিক শীন্থবে
লৈবাংসু লৈনা চোইনা কেল্লে
মসি থোক্কনি খঙনা-খঙনা
করম্বা আশাদা তেমশিংনখিবনো?

নঙনা খাল্লা-খাল্লা নোক্লি
কেল্লবা লৈবাংদা য়েংলগা
নঙনা পেন্দ্রদুনা অমুক
কেল্লবা লৈবাংগী লৈনাফাও
খোঙপাক্লা অমুক শুক-শুরু নৈবি।।

# অনৌবা লমদম অমা

মতমসি মওং অমনি
অহিংবা মীগী ন্নাবী
শাবা য়াবপোৎ নত্তে
মতম ফত্তে লাউনা ঙাংনু।।

লোননা তৌবা, ফোংনা তৌবা
চপ মান্নববা লমদমসিদা
অশিংবা য়ান্না শানু
অখঙবা য়ান্না উৎকনু
লমদমসিদা চন্নবা য়াবোই।।

হৌজিক্তি হৈবী তৈবিঙে মতমদু নৎতে
য়াম্না চাওখৎলবা মতমনি
হকচাংগী ফজবা কযাৎ উৎলগা
মীংচৎ তান্নববা মতমনি।।

য়েংবা হৈযু, তাবা তম্মু
বাচোই য়ান্না ঙাংগনু
কৈসু নৎতবদা মীমাঙ ফমগনি
লমদমসি মহৌশাগীদু নত্তে।।

# নুংশিবগী মহৈ

ইঙাগী নোংজুগুম মিকুপ খুদিং
শীন্থদুনতা লৈবিবা মিৎলু পিবাং
ঐ খঙই ইমা মদুগী মবম
নহাক খবা ৱাখিবা তাই
ৱাবোইদবগী মবম লৈতে।

নচানি হায়দুনা ইমানা
তৌবি খুদিং য়েংদুনা লৈবগা
থবাক খুদুম গুদুনা খাঙবগী
কবি ৱাহন্থোক লৈবিবগে।।

হে ! ইমা নঙগী মীৎযেং তেনমল্লি
নচাশিংগী লমচৎ খংফম থোকপনি
কবিগী মৈ পাইদুনা শান্নহল্লি
মৈশা ফাওনি হায়বা খন্দনা।।

ঙসিদি লমদমসি থুংনা মৈৱায়বক্রে
শান্তিগী নুংশিৎ চপ লেপখ্রে
অশাবা নুংশিৎ ঙাক্তা শীৎলকপদা
থম্মোয় খুদিং মৈশা ফাওববে।।

হৌজিক্তি পিবাংগী চন্নফম লৈববোই
তুবেলনা ঈগী ঈচৈল ওইববদা
ঈচেল অসিদা লূপফেৎ-লূপফেৎ
থৱান মৈবা মশীং থিরুদুনা কৈদৌনি।।

# ইমা

ইমা,
ঐনা নঙবু নুংশি হাযদুনা
ঐনা কবি তৌবা ঙমগনি
হিংনবগী লানফম অসিদা ফাওবা
মায় পাকচবা ঙমদ্রিবা ঐনা।।

ইমা,
ঐনা নঙবু নুংশি হায়দুনা
নঙবু শঙদুনা লৈবসু ঙমদে
হিংবগী পোৎলুম অসিনা লূমখিবনা
মিকুপ অমা পোত্থাবসু ফংদ্রি ঐদি।।

ইমা,
ঐনা নঙবু খল্লিবনি হাযদুনা
পাক্লবা ঈপাক অসিদা
ইবোইবা ফাওবা হৈত্রিবা ঐনা
কবম্না কূমলুনি লুববা ইবোন্নুংসিদা।

ইমা,
ঐনা নঙবু নুংশিদবদি নৎতে
নুংশি হায়দুনসু কবি উপাই লৈবি
চুন্না ফাওবা চৎপা হৈত্রিবা ঐনা
উবিবদুনি, খঙলিবদুনি ঐগী হায়ববু।।

# নুংঙাইবগী পিরাং

**"Whom the Gods love die young"· Byron**

কৎচবি ভক্তি নখুয়া থম্বালদা
পুন্সি লমদাং চুমথ্রবশিং
নখোয়গী পুন্সিদি মহে য়াল্লেদকো
শিংজবা ঙম্লে ইমাগী লমন
অঙাংবা মচুনা খুদোল পীদুনা।।

তুশোন্রব' ঐখোয়গী লাইবক থিব' মিকুপ
ওইখিবনি নখোয়গী য়াইফব' পুংফম
নোক্লা-নোক্লা ঈগী বলিদান
ইমাগী ফিজি ফিনা চোইবা য়াবোই হায়না
চোংশিনখিবনি পাম্বা কৈবেলগী মতৌগুম্না।।

চুখৎপিবল্লিবা থৌনাগী মৈবী অসিনা
রাইমৈগুম ওমদুনা চাক্রক্লে থম্মোয় খুদিং
ইমা নঙগী নুংশি মৈচাক্লা ঙাওবক্লে
থবায়গী মিহুল ফাথবা গুম্লকত্রে
চৎনবা শেম-শাবক্লে লৈগী দোলাই তোংদুনা।।

হে। অথৌবশিং মুৎলবোই নখোযগী খোঙ্গুল
মালেম লৈসিদা তাদুনা লৈহৌবগনি
চাউথোকচবি পলেম ইমানা নখোয়গীদমক
ঈশ্বরনা নুংশিবিবা মচাশিং ওইবে নীংদুনা
নখোযগীদমক শীদ্থবি ইমানা নুংঙাইবগী পিবাং।।

# থাবলগী মৈচাক

মৈশা য়াউদবা থাবলদুনি
ঐঙোন্দা চৈনা পিবিবা
ময়েক শেংলবা মঙালদুনি
মিকুপ খুদিং ঐবু ওৎলিবা।

মবম সিননি ঐনা অমম্ববু নুংশিরিবা
শূক-শুনা মল্লবা অহিংবু হৈনবিবা
কোবৌগী মৈশাবু উনগুন্না খল্লিবা।।

# ঝাহং সিদং

লমদমসিগী মীওইশিং
হৌজিক খম থেংনা ঝাবে
থৌরী চিংবী শান্নবদা
অমনা অমুক চিং
অমনা অমুক চিং
চোকথবে চীংমীসু-তম্মীসু
চন্নবা লমদমসিগী প্রজাশিং
খোঙথাং খুদিং শদৌ থোংলে
চৎনা-চৎনা মঙ মঙলে
ইমা লৈবাক্না ফিভমসি য়ৌবফাউ
ইমাগী ফিজি-ফিনা চিংলিবা নহাকপু
ইমাগী অশেংবা মচা ওইদ্রব্বা?

## মনিং হল্লবা খোঙচৎ

ঐনা নুংশি
ঐগী পোক্নফম
ঐগী ইবমদম
ওইহল্লিংই শান্তিগী লৈকোল।

অদুবু ঙসিদি
চাক্লিবা মৈবী অসিনা
অসুম ৱাংখৎলকপসিদা
ঐনা লমদমসিবু নুংশি হায়দুনা
ঐনা করি তৌবা ঙমগনি।

মিকুপ অসিদা, পুংফম অসিদা
খুৎ তুংবুন্দুনা য়েংজবা নৎতনা।

# অরোনবা নুংশিৎকী মপাউ

লমদমসিদা অমুক্তা শিংখিদ্রিবা নুংশিৎ অমা
শিংখ্রে অবোনবা মপাউ কয়া পুবদুনা
অবাংবা থাক্কী থম্মোয় খুদিং য়ৌখ্রে
ঈথৈ-লৌখোং থিংউ, ঈচুম-ফাও তাহনগনু।

# লাংতক্লবা অমা

অনৌবা মঙ অমা
অনৌবা ৰাখল অমা
অনৌবা চাংয়েং অমা
অনৌবা মঙাল অমা
অনৌবা পাউ অমা
অনৌবা লম্বী অমা
কেল্লবা লৈবাংদুবু অমুক
নৌনা লৈশাং তমখিগদ্রা
অনৌবা কোবৌগী মঙালদা।।

# অতনবগী পম্বুং

অতনবগী পাম্বীদা
মপাল শাবকই
শুনিংদবগী মহৈশিং
মমুন ফারকই
ইমুং মৈ মূৎলকই
মিবাং থুবকই চাকখুন্না
পায়খৎলি তখেন থাঙ
কয়াদা লাইবক ফববা
পম্বুংদনা শহিদ।

# কেল্লু য়াদ্রিবা লৈরাং

কুইব-কুইবা লৈবাংনা
লৈশাং ফজবা হেল্লক্রি
লৈহৌবি লৈনমদি থম্মোযদা
তাইবং লৈবাংনা কেল্লবসু
থম্মোয় লৈবাংদি কেন্দবি।।

# লান

পঙশাউদা শাউনিংই
অকামবা ৱাহে ঙাংনিংলকই
কনানবু খাঙদুনা লৈবা ঙমগদৌবিবনো
খরা য়েংনবগা চংনবদি ফবনি
য়াবনি মতাগুম কিং নমদুনা
ঐবু খুং পায়দুনা চিংলকপদা
ঐনা কল্পি থোকপামখৈ লাউই
য়াবোই মদু ওইবা য়াবোই
মদু চংনবা য়াবোইদবা ৱাফমনি
কম্না মুক্লবিঙে তাপ্লক'সিদা
ঐগী নুপীনা
খুং পায়দুনা খঙচিং চিংলকই
জ্ঞান খঙতা তাবকই, লানগী ৱানি
লান তৌবদা নিয়ম হায়বা অমা লৈতে।

# ꯚꯥꯏꯕꯥ

ꯊꯝꯃꯣꯌꯒꯤ ꯕꯥ ꯑꯃꯈꯛ

ꯄꯨꯟꯁꯤ ꯂꯃꯖꯦꯜ ꯂꯦꯞꯇ্রꯤꯉꯩ

ꯅাম্মা চিক্কা নোংমদং

খণ্ডরে কবি থোক্রগদবা,

অমঙবা নোং ভাইবসি

চুবমদনবু পাইখিদৌবিব্রা ?

# উচুপ

লৈ নঙদি লৈ ওইয়ু
নুং নঙনা নুং ওইয়ু
লৈ নঙনা নুং ওইবকপদা
ঐনা শা ওন্নোই হাযবা ঙমব্রা ?

## শীংনরুবগী মহৈ

নকোক ইচাউ হেক চাউবদনা
মীগী খোইদৌদা হেক শীকলূই
হৌজিক্তি নঙ উফূল ওনবা তাই
নৎত্রগা লৈনুংদা হিংবা তাই।

## মীচম

ঐ ইশানা ইশাবু থাজরিব্রা
মদু ঐ চপ চানা হায়বা ঙমদে
খুৎ য়েৎনা লোনবা ছোবু
ওইনা চিংদুনা য়েংজবা মীচমনি।।

# ৱাখল

কৈশুমশঙগী পীক্রবা কাদু
পাক-চাউববা মালেমশুমই
মঙালতনা পিক থল্লি
নীংতম লাম্মী অমাগী মমিৎতা।

# লৈত্রক

নোং চুববসু নোং চুম্রবসু
লমদমসিদা চৎলিবা লৈত্রক
খক ফগদৌবা মান্দ্রে
মমা নীংবা মচা য়াম্নকপসিদা।

# মীথিনগাই

ওমদুনা চাকলিবা মৈ অসিদা
নঙনা থিন্দুনা অমুক শাম্নে
যেংনিংদুনা অশেংবা মঙাল মৈসিগী
নশাসু য়াওখিনি হাযবা কাউজদুনা।।

# ইজ্জৎকীদমক

খঙ-হৈবদা লাম্বা লৈত্রবা
কন-থৌবদা নম্বীনবা য়াউদ্রবা
মালেমসিবু খুবামনুংদা থম্লিবা নঙবু
খঙহৌদ নখাজাইদা খুৎপাক্লা থাখিঙে
ঙাওদুনা লৈবিঙে মিকুপ অদুদা
অমুক নাখাং কায়বমখৈ থাজিল্লকপদা
নঙনা ঙাওবকতুনা লান তৌই
মাঙখ্রবা ইজ্জৎ ফুক্কৎনবগীদমক।।

## মণ্ডগী মণ্ড

ঐনা মণ্ড মণ্ডই
অনৌবা মণ্ড অমা
লৈনা অনীবক শাৎতে
অমুক শাৎলগা লোইবে
মসি ঐ শাউনিংই।

হৌজিক ঐ মণ্ড মণ্ডলি
অনৌবা লৈশাৎ অমগী
লৈনম চেনবা য়াই
চেন্দবসু য়াই
মসিদি থম্মোয়গী বানি
শাৎতবা ইযামক য়াদবনি
অদুনা ঐ মণ্ড মণ্ডলি।

মণ্ড অমগী মথংদা মণ্ড অমা
লেপ্তে মণ্ড মণ্ডবা
হৌজিক্তি মিকুপ অসিদদি
শোযদনা লৈশাৎ তম্লনি
অনৌবা কোবৌগী মঙালদা
থম্মোয লৈবাংনা লৈকা ফম্না
অনৌবা মীনোক্কা লোইননা
অবোনবা থম্মোয কাচিন্দা।।

# অঙাংনা মৈ থাবদা

অঙাংনা মৈ পায়দুনা শান্নবদা
অঙাংনি হাযদুনা লৈথোকই।

অঙাংনা মৈ অমুক থাগৎলকই
মৈবি য়াম্না ঋাংনা চাকখৎলকই।

মৈ কনবা অমতা য়াওদে
ঋাং মেৎলগা যেংদুনা লৈথোকই
মৈগী মৈশা ফাউববা ফাওবদা।।

# অশেংবা ৱা

ঐনা ৱাবক্লবা মতমদা
নঙবু তোযনা নিংশীংই
ঐনা নুংঙাইরিঙে মিকুপশিং
নঙবু নোংমতা নিংশীংদে।।

অদুবু,
নঙদি নোংমতসু শাউদে
ঐনা নঙবু তোয়না কৌদবগীসু
কৌববসু কবিমতা হায়দে
নঙগী থোকপা অদুম লৈ।।

নঙগী মওং-মতৌ অসিদা
ঐ হৌজিক্তি নঙবু কিবকলে
খোঙথাং খুদিং নঙবু কৌনিংলক্লে
নঙনা নুংশিবীববসু-নুংশিবীদ্রবসু।

## নোং য়ুরিবা য়ুম

লেপ্তনা চৎলিবা পুন্সি নঙগী খোঙচৎতা
নতুং ইস্রে তুখোং খুদিং হমাং অবমখৈ
পুন্সিবু চপখাই কোম্লুগী মতৌগুম
অদুবু, ইয়ুমসিদি নোং য়ুবা লেপতে।

# আশা

অপাম্বা অমসুং নুংশিবগী লৈবায় অনীনা
খুৎ-শমদুনা পুবী ঐবু অনৌবা পুন্সিগীদমক
থবায় অমসুং হকচাংনা তুংইন্নদুনা চৎলি
কখোকপদা নিংহন্নবা লৈত্রবা থম্মোয়
শাফু কল্লবা মীনোক্কী লাংদা থুখিঙে
লশিং মফোলগুম থোংলবা থম্মোয়দা চুবিবা মচু
বাংবা হেনগৎলক্লিবা আশাগী দলান মথোল
চোকথবা নাইদ্রবা থৌনাগী লীচিংনা পুবী
ঙমখৈ নাইদ নুংশিবগী অতিয়া মকোয়দা
আশাগী লংলবা থরানমিচাক্কী মায়কৈ তন্নদুনা।।

# অরোইবা উপাই

খঙদ্রে
ওম্ভোকপা হায়বদুনি
ফিবম অসিদবু
উপাই অমা লৈবিব্রা ?

মবম থিরুদুনা কৈদৌনি
লুপমিন্নব তাবনি
ঐ, নঙ, মা অমতা ওইনা
উপাই হায়ববু মসি মঙাই।।

# ঙাইবা

কোরৌগী মঙালদা য়াওজবিবা মৈশা
থাবলগী মঙালনা চামখোক্রবা মৈচাক
তনিক্লা ঙাল্লিবা আশাগী থবানমিচাক
মিপাইহল্লি মন্নবা থাশিগী অহিংনা
চিংনবা হেল্লকলিবা ঈগী ঈচেল
পাখৎ-চাউবা থবায়গী মিহুলগী খোঙচৎ
ফাজিনবা ঙমদ্রিবা বাখলগী লম হেনবা
ঙাউববা মিৎয়েংগী থৌববা তেন
ঙাইঙমদবা থম্মোয়গী ইথৌ লাংবা
শন্নদ্রবা বাখলগী অনৌবা পম্বুং
হেল্লিম্মা খন্নুবগী লুন্নবাপোৎলুম
লোৎতুনা থমলিবা লৈবাংগী লৈনম
কবিগুম্বা নুংশি খোঙচৎশিনা কায়দ্রবদি
শাৎলরনি অপোম্বা লৈরাংনা মীনোক্লদুনা।।

# অনৌবা থুংলবা লাই

হোস্পিতালগী
মীবেল শঙ মমাঙদা
ধুপ থাউমৈ থাদুনা
লফোই কংপসু য়াওই
কমলা কংপসু য়াওই
শেব কংপসু য়াওই
মানা মানা থোকপা
পংকংতা কংনৈ।

ঐনা খল্লি
অনৌবা থুংলবা লাই ওইবম্বা তাই
মীবু হিংহন্নবা ঙম্বা
মীবু শিহনবা ঙম্বা
লাই অমা ওইবগনি।

অদুনা ওইবা তাই
মীবেলশঙ মনুংগী
মিৎনা উবা লাইদা
মীয়াম হূপ্পা খুকম্ববিবা ।

# নিজবা

ঐবু শেম্বিবিবা
হে। শকউদবা ইবুংঙো।
তোল্লবা ননাইদি পাঙদবনি
শোয়বদগী হাইদোবকপা
নোংমৈ গুলীনা
পালহনবিগনু ননাই ঐবুতদি।

# মেনিফেস্টো

ঐ

লমদমসিদনা পোকপনি

লমদমসিদা চাউবনি

লমদমসিদা ঐগী খোইবী নাউফম লৈ

লমদমসিগা ঐগা নকুবা মবী লৈ।

মবম অদুনা

ঐহাক লমদমসিদা হিংখিনি

লমদমসিগীদমক ঐ শিগনি।

# হূই অমসুং হুরানবা

হুবানবা ঙাক্রিবা হূইদুনা
পেন্দবা বাকৎ অমদগী
মপূ ঙাকপগী মহুৎ
তূমদুনা লৈথোকই।

হুবানবা লাকখি
তূমদুনা লৈজবা হূইদু
হূইগং থাংলগা
পুখি শ্রো-শ্রো চিংদুনা।।

# লাইগী লমদমসিদা

নোংমদি শোয়দনা লমদমসি
নুপী ঙাক্তগী ওইহৌবনি
মসি ঐগী রাখলনি।

নুপা হায়বা মখোয়
হিদাক তৌগে ফংলরোই
মসিবু ওইথোক্রোই হায়বা ঙম্ববা?

নুপানা খুৎলিংবা সমাজ
নুপী ঙাক্তগী ওইহৌবনি
মসি ঐগী মঙলাননি।

নাউপুবিবা পাবি ফাওবা
মফম লৈবরোই মাগী
মসিবু ওইবোই হায়বা ঙম্ববা?

অদুনবু হায়নবিবনি
আঃ লাই হাক্তগী
লমদমসে লাইগী লমদমনি।।

# কংদ্রিবা ঈপাক

উনিংবগী ঈখৌলাংবা
থেংনরুবগী চৈনা
শন্নদবা রাখল
মুৎঙমদ্রিবা মৈচাক
তাইবংগা-মঙলানগা
ওন্নবিবা খোঙচৎ
মান্নদ্রবা পম্বুং
রাংম- রাংমদা
ফাওনবিবা ঈহুল
লেপ্ত্রিবা ঈচেল
কংগদৌবা মান্দে
থম্মোয ঈপাকসিদি।।

# নীংতম্লবা লমদম

নীংতম্লবা লৈবাক অসিগী
নীংতম্লবা নাগরিকনি ঐখোয়
লৈবাক মপূসু ঙাংনিংবদা ঙাংই
লৈবাকসিগী প্রজাসু তৌনিংবদা তৌই
চপ চানা নীংতম্লবা হায়বদুনি।

মবম অদুনা ওসিদি
চীংযা-তময়া হায়বা অমা লৈত্রে
শিংথলিবা নুংশিংথসি চপ মান্নবে
চপ মান্ননা চাউকংথলবা হায়বদুনি
লমদমসিদগী হেন্না নীংতম্বা অমা
লৈবমখিগদ্রা অতোপ্পা মফম অমা।।

# নোংমৈ অমসং লৈ

নোংমৈ
নঙগী নমাংদা
অচুম্বসু লাল্লি
অবানবসু চুম্মী
নঙবু ঙম্নমক্না মশক খংই
নঙদি মঙ্গপ-মপাং হায়বা লৈতে
মসিদবু নঙগা মঙ্গপ ওইবা যাবিববা ?

লৈ
লৈ নঙদি
লৈদা লৈনি
পং থৎতুনা চিনবসু
লাইবক্কীনি খন্দুনা পেনথোকপা ঙম্মী
লৈকা খুদিং শিংকুপ তানা শেগাযবকউ
লৈনম য়েনবদি খক তোক্তে
ঐনা লৈ নঙগা মঙ্গপ ওইঙ্গবদৈ
লাইথুং চামা নিপালনা লাংগোই চন্নক্রে
কিবু কিবক্রে লৈ নঙগা মঙ্গপ ওইবসু।।

# অনৌবা চৈনা

থেংনবমদবনা হেন্না ফবম্মী
অসুম্না তাইওন্ননি খঙলম্লবা
উনবমদবনা হেন্না চুম্লম্মী
মৈচাকসে নেমলোই খঙলম্লবদি
হৌজিক্তি থেংনরম্ববা মতুংসিদা
অনৌবা চৈনা অমা'মুক
হাপ্লবে নৌনা ইকোক-থকসিদা।

# কেক্রুপাৎ

ইতিহাসকা শাগোন্নবক্রবা নঙগী লৈহাওদা
য়াতাফম ওইরেদো নপাবী তবা তরেৎ
লিংজেন খাবী নমোম অমসু য়াওনা
ইতিহাসকা তৎন-থানবা য়াদ্রবা মবি'মনা
অমুক হন্না চেৎশিলহন্রে মবিসে।।

মতম কুইনগী মমাঙদগী নঙবু কাউকপা
নঙগী লৈবাক লৈহাওবু নোংমতসু নীংশিংলুদবা
নোংমতসু নঙগী লৈবাক লৈহাওদা লাইবক কৎখিদবা
মতম কুইনা শেমজিন শাজিনবিদ্রবা নঙগী লৈমায
ঙসিদি কযাদা লাইবক ফখ্রবা হে কেক্রুপাৎ।।

তুন্নবেদো ঙসিদি নঙগী লৈবাক লৈহাওদা
থৌনা ফববা নপাবী-নমোমশিং মিকপ থোক্তুনা
কৎলবে মিৎকী পিবাংগা লোইননা লৈ চবুন-চবুন
মসিমক্না মতম কুইনা কাউথোক্লুবগী লমন শক্রসনু।।

লাইবক ফবী কেক্রুপাৎ ইতিহাসনা নঙবু নাথৈবন্নবসু
ঙসিদি নঙগী রাবীনা অনৌবা ইতিহাস ওইহৌবনি
থম্মোয় লাক্ষ-লাক্ষ কযাগী মিৎলু পীবাংনা
অথৌবা থবাযশিংনা পিগী ঈপোমদা তাউদুনা
স্বর্গ মাযকৈ পাংবদা শাক্ষী ওইযুকো কেক্রুপাৎ।।

# ইমা অমসুং মাগী মচাশিং

ইমানা লাউবি
হঙ্গিন-হঙ্গিন
ঐবু ঙকশম য়ৌবে
ঐবু ঙকশম য়ৌবেমী।।

নুংশিববা মচাশিংনা
হঙ্গিন-হঙ্গিন
ইমাগী কোকথক্তা নৈখে
নুংশিজববা ইমাগী কোকথক্তা।।

# মোংফম অমসুং খোঞ্জেল

মচানা তূমলি
মোংফমগী লৈমাযদা
য়াইফববা থৱায ওইনা
নীংতম্বগী ফিবাল কোন্দুনা।

মমানা কৌবি
মোংফমদা লেপ্তুনা
ফিজিগী মণি হল্লকখো
ফিজিগী মণি নঙবু হল্লকখোনে।

## মন্ত্র

সনা লৈবাক্কী
মীওই লাল্লুপ খুদিং
হিংনবম্বনি পুন্ত্রীসিদা
মাগী মহি-মচুম থজ্জনা।

ঙসিদি
নোংমা-নোংমগী
ফিভম অসুম শোকচিনখিদুনা
লৈক্রক চৎলে
মমা লৈবাক নিংবা মচাশিংনা
মহৈ-মহৈ থকতোক্লখিবদৈ।

অদুদি
হৌজিক কবি তৌবা তাই?

তাবকপা ঙাইদুনা লৈবদি য়াদে
খোং-খৃৎ খবা চোৎপা তাই
হমাং খবা তাবা তাই
চিন খবা হৈবা তাই
নিবসু ইকাইবা খংদবা তাই।